হুং শিদবা

# লৈসেমলোন অরীবা

পুবারী

শলাই সকোক অহানবা

---

শিন্দোকপিরবা

চোংথাম মেরামচা অঃ

মমল — লুপা ৪

# বাহৈ খরদং

লৈসেমলোন অরিবা সল্লাই সকোক অহানবা হাযরিবা লাইব্রি অসি ৺লাইখুরাম ইবুঙোহলদগী ফংজখৌবনি। অহানবা ওইনা শে ১৯৫৭ তা ফোংথ্রবনি-- মতম কুইথ্রবনা লাইব্রিক অসি ময়াম পানবা ফংনখিদ্রে—খ্বাইগী সেবা ওইনা অনিবকশুবা খূৎনম ওই অমুক পুখোকচবনি। ঐখোয় ইণাবু খঙ্নিংবা পানবা ইজাতি হৌফম থিবীবিবা মীওইশিংনা হরাওনা পাবিগনি খল্লি। মাংলমচৎব পন্থৌশিংনুস্থু খুকমজরি।

**মঙ্গী দেবী**
কৈশামথোং বাজার
হেড মিস্ট্রেস
মনিপুর গভর্মেন্ট হায় স্কুল

অনিশুবা খুৎনম ওইনা পুথোকচবা
রেদা প্রেস
কৈশাম্পাৎ ইম্ফাল।




মার্চ, ১৯৮৩ ইং
য়াওশং পূর্ণিমা

# (খুনুং পুরারী)

## মালেন·হানবা

১। চিঙ, মপুরেন শিদনা (কঙঙ্ক চক)

২। পাখংবা (খোই হঙ্ক চক)

৩। কোরৌহনবা (তয়ো হঙ্ক চক)

৪। কৌবরেন (পোই হঙ্ক চক)

(১)

৫। **অতিয়া শিদবা**

(অতিয়া শিদবগী লাংলোন) (হয়িচক = সত্যযুগ)

৬। নিংথৌকাংবা। লিলা পাখংবা।

| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ |
|---|---|---|---|---|
| নোইনোই, | তৈভম্মা, | যাংনা, | তেসারোং, | উরেন খুবা, |
| * | * | * | * | * |
| \| | \| | \| | \| | \| |
| পোং, | মৈতৈ, | মযাং, | তখেল, | পাঠান, |

| ৬ | ৭ | ৮ | ৯ |
|---|---|---|---|
| উরেন হনবা, | ইরেম, | খানা, | লংনা |
| * | * | * | * |
| \| | \| | \| | \| |
| মোইরাং, | পাসা, | খাগী, | ইরাঙ্গ |

নিংথো কাংবগী মশু ৯ অসিদগী দেশ মনিং ওইখিবনি।

কংলা মশুং ৯, সনাজং মশুং ৯, সাগই সংগোন ৯সু কাইদনা লৈরিদনে।

(১) তৈমা চক মযিংবা।

৭। তারী
৮। সাকপ্পা
৯। ৱাংকপ্পা

খুনুং চক=(ত্রেতা) লোঙ্গা পাখংবা

১০। ককসূবা
১১। তোংগোম্বা
১২। পিতিংকোই
১৩। লাম্বীচ
১৪। সাপাইবা

লাংব চক=দ্বাপুর লোলাং পাখংবা

৭ অসিদি লাইনে

১৫। নোংদা লাইরেন পাখংবা
১৬। খুইয়োই তোম্পোক
১৭। তাওথিংমাং
১৮। খুইনিংঙোম্বা
১৯। পেংসিবা
২০। কাওখংবা
২১। নাওখম্বা

কোন চক=কলি

২২। নাওফাংবা ২৩। সমৈরাং ২৪। কোন্থৌবা ২৫। নাওথিংখোং ২৬। খোংতেকচা ২৭। কৈরেনচা ২৮। য়ারবা ২৯। অয়াংবা ৩০। নিংথৌচেং ৩১। চেংলৈ লাম্থাবা ৩২। য়াংলৌ কৈফাবা ৩৩। ইরেংবা ৩৪। লোযাম্বা ৩৫। লোইতোংবা ৩৬। অতোম্বোইরেম্বা ৩৭। ইরান থাবা। ৩৮। থৱান থাবা ৩৯। চিংথং লাম্থাবা ৪০। থিংপাই শেন হোংবা ৪১। পুরাণ থাবা ৪২ খুমমোম্বা ৪৩। মোরাম্বা ৪৪। থংবি লাম্থাবা ৪৫। কোংযাম্বা

৪৬। তেলহৈবা ৪৭। তোনাবা ৪৮। তবুংবা ৪৯। লাইরেনবা ৫০। পুনসিবা ৫১। নিংথৌখোম্বা ৫২। ক্যাম্বা ৫৩। লম ক্যাম্বা ৫৪। কোইরেম্বা ৫৫। লমগাই ঙম্বা ৫৬। নোংইন ফাবা ৫৭। কবোম্বা ৫৮। তাং চালাম্বা ৫৯। অতোজাম্বা ৬০। চলাম্বা ৬১। মুংয়াম্বা ৬২। খাগেম্বা ৬৩। খুঙ্গাওবা ৬৪। পাইখোম্বা ৬৫। চরাইরোংবা ৬৬। গরিবনরাজ ৬৭। জিৎসাই খাগী লাম্থাবা ৬৮। ভারতসাই ( মিংথোই ঙানবা ) ৬৯। আনন্তসাই (নোংপোক লৈরিখোম্বা) ৭০। গৌরশ্যাম ( মরাম ঙম্বা ) ৭১। চিংথংখোম্বা ৭২। ককিলানন্দ লোইরেন খোম্বা ৭৩। তোলেন খোম্বা (লাবণ্য চন্দ্র) ৭৪। মধু চন্দ্র ৭৫। চৌরজিৎ ৭৬। মারজিৎ (ক) জয়সিংহ, যদু, রাঘব, ভদ্রসিং ৭৭। গম্ভীরসিং ৭৮। নরসিংহ ৭৯। চন্দ্রকির্ত্তী ৮০। দেবেন্দ্র ৮১। সুরচন্দ্র ৮২। কুলচন্দ্র ৮৩। চুরাচান্দ ৮৪। বুধচন্দ্র ( লৈসেম্বা হুয়েন কৈরেন লাম্থোবা )।

**কঃ হৎক হৌবা যুগ ৪তগী হয়িচক্পা হৌবা যুগ ৪ যুগ ৮ অসিদা ওইরীবা লাইগী নিংথৌ অমসুং মীগী নিংথৌ পূম্নমক অসিগী সন্দোক্লকপা থৌরমদি লাইরিক ৮ থোক্পা মথং মথং লাকনি।**

— — —

# মৈতৈ লৈপাক্কী পুরারী

## লৈসেমলোন অরীবা



মণিপুরদা হিন্দু লৈরিবা খৈবিক্কী মসুংদা (মৈতৈ) ব্রাহ্মণ, বৈশ্য, শুদ্র, কয়ামরুম লৈরিবা অসিদগী মৈতৈ জাতিগী মৈহৈবরোন সলাই ৭ কী মরম খরদংবু থোগল লাইনিং মরূপা, থোগলগী মশক ওইনা খ্বাই তরাদা কংচরি।

**মঙাং কোপোই ময়াথং।**

**লুরাং পাওতাক নুংশিবা।**

**থুময়নগীদি মকমদা।**

ও হযি হয়াহেঃ! হেঃ খোইয়ুম লাইয়িংপৌ, মালেম তাইবং পানবগী মপু ঙো। চিঙসনা নখোংখা ঙাংলোথয়ান অনমদা খুরুম্না যীজরক্কে।

**লাইরেন মৈতিঙু থাংগময়বগী মকমদা।**

**চৈনো সনা মখিনা নুমিৎ চয়োন ৭ মক্কা**

**সাকৈ সলাই ৭ মকপু পাওতাকাথএ।**

হেঃ য়ীপল য়ীপুঙো তাও ওঃ!

অসি, হয়েং, হংচিং, মসেম, মরৌ, মকাপ, মশিং ওঃ চৌনা চথকপদি, কঙৌবোংগীনো হাইবদি। লতান লোং মালেম লৈশেম-

দিৱৈদা তা বংশানবা মপুনা, করিবা থম্বাল লৈনাথক্তা, মাঙেম লৈপাক লৈসি তৌরক্লে। হাইবগী (অসি) লৈনা য়েংনা ২ তাইরকলে হাইবগী (হয়েং) থম্বাল লৈন। হংচি লাকশিল্লক্লে হাইবগী (হংচিং) লৈনা শেল্লা তাংনা হৈযে হাইবগী (মশেম) অতোংবদগী লৈপাক লোম্বী হাইবগী (মরৌ) অকুংপদা কাংকাপ্লগম কাপথী (মকাপ) লৈপাক শিংনা নাহা সেম্মে হইবগী (মশিং) অস্তুম কৌরিবা, ক্রৌ নোংজা ৭ অসিবু। মতম য়াযেন বা লীবগী কংলা কুচুলেমগী চিংদা সাগুপথীএ। মতম খোংলৈ যেংনা। অতিংকোক শিদবনা। নমুপোৎ লিংলক্লবগা। কুচুলেমগী চিংদা সাথুপথীবা। ক্রৌনোংজা তমবা মীময়োন ৭ মক্তা। নিংসা সঁর ইম্না পাইশিনখারপকা। নুমৎ চয়োন ৭ মকপু। নৌনাওরকলবগী। চিঙ্ পুরৈহনবনা। কোলোই মমিং থোনবীখী—

অসি লংমাইজিং ১, হয়েং নিংথৌকাবা ২, হংচিং লৈপাকপোকপা ৩, মসেম যুমশকৈশা ৪, মরৌ শগোলসেন ৫, মকাপ ইরাই ৬ মশিং থাংজা ৭, অস্তুম তৌনা মিং থোনখীগ্রীবা অদুবু। লাংবচকী মমৈ কেনচপী মচিন্দা সাকোংলক্লবা যিয়ু নোংদা লাইরেন পাথংবগী সমু মাংদা মুমিং চযোন ৭ মক্তা থরাই মমিরেনমু ক্রৌনোংলাংপান্দগী কুমথরক্লুনা কোরৌ নোংজা ৭ পু য়ীয়ু নোংদা লাইরেন পাথংবগী মাংদা রাইথুংলরে হাইদবরা। য়ীযু নোংদা লাইরেন পাথংবগী মাংদা শজিবু ৮ নি পানবগী চিংথৈ তুল্লকপদা, শল য়োংনানবী অমবু রাই-থুংলরে। পাথংবনা হংবদা নদাইরেন ঐদি কৌবরগী মনোংয়াই অসিগী মপানী পোলেই য়ীমিং থোনদি, নোংপান লংমাইচিং কৌএ।

নদাইরেম ঐবু সল্লাই খুনথোঙ অরেম্নবু থোচাল লনকুপিয়ো হাইন । পুনেমখোনগী । মালেম লৈমরেনসু, হৈনৌসনা সেম্পাক্লা হৈরুকমশিং স্থনা সিংলেন চমেলনৈগী লৈরাংঙককোইসেম । নমসা মনম স্থংশিবগা । থাওমৈ মৈরা থান । চিঙু মাংদা থানা কৎলবগা । সুমিৎ লংমাইচিংবু লাইরেন পাখংবন, হরি নিংথৌরেন, কঃ সনা মিংলেনয়াই । হৈরোমসিংবগা, নাকোং নুংশিং থোং ২ মদা এম্না ওম্না কামশিনবিরগা, সম্ খোংবী খুরক নুংগী লিক্লা থুনথোইনবু থুনলেন য়ৌপি থক্লগা, কাওরেন শনশক ওইববু কোকখিয়ে। হাইদবরা । নমু পোংসক ওই । হকচাং রাওহুননা চেংথোক্লগা যুবক লৈতাইহুনা খুকমজখিএ ।

নোংদা লাইরেন পাখংবনা, হে য়ৌপাবি নগাক্তি, নোংপাল লুবাং শাকৈ সল্লাই হনববু ওইরুরো । সনা চুদান । লংলা ৯ সুবনু, লেংলোই খোইথংগও । চৈর নাপীসেংতি, য়াইহং চুদানববু, মাংলম তোনতানা ভুংসেং নামৈ হেপ্ন, পাকৈলে চাংচা রেৎ ওঃ । কেরৌ নোংমাইচিংবু সা খুনং ওইনৌ ওঃ । খোইমুনে কৌবরুবু কসা ননোংথোবু ওইনা থোইযুম লাতথোংনেন খৈবিক্ত লুমাং অমাইনবু ওইক ওঃ । হাইথরবগা, কোরৌ সুমিং লংমাইচিংদগী, লংপরেন ১, লংমাইরেন ২, চিংপরেন ৩, থোইপুংরেন ৪, পুংয়ারেন ৫, নাওসংলেন ৬, পোংলেনহন ৭ । মায়েল ৭ মকপু সল্লাই চথক্লে। তালোই নাক্লা থারক্লে ।

চিনকুরেমা লৈচিক ভানবা চন্নুনা । মপারী নোংতমলেন অথুনবু নৌনাওরক্লে। লৈপনলেন চন্নুনা নোংতমলেন অহনবু ফুইনরকলে । হাইদবরা । চিংসুরেমা পাইমা লিনকোহংগী, কোরৌলেন মৈনাইদনবু পোক্লক্লে । হাইথুবৈমগী মপারী কুবমলেন মৈনাইববু পোক্লক্লে ।

হাইনুবৈমগী মপারী কুরুনলেন মৈনাইববু ফুইনরক্লে। হাইদবরা। লৈক্লুরেন চন্নুবা পোংথাংলেন। লৈন্নুংঙামধা চন্নুবা পোংহনলেন নৌনাওরক্লে। পিশিন লৈমগী মপারী হৈরোমলেন নৌনাওরক্লবগী মখেবু লুরাং সল্লাই য়ুমতানরক্লবনে। হাইদবরা। * ১

লাহানবোং লাংবচক চক য়াইনবদা, হয়েংগী মপারী কোয়ৌ ন্নুমিং নিংথৌকাবদি, নিংথৌ সপাইবগা ঙাইরৈবনা, কোয়ৌ নোংগাখিরবগা, চিঙ্ অতিংকোক লাইয়ীংথৌগী সনা মথোংখাদা নদাইরেম ঐবু সল্লাই খুনথোং কদাইদনো, হাইনা রাকৎখোলগী। খোইয়ুম অতিংকোক লাইয়ীংথৌনা কোয়ৌ হয়েং নিংথৌকাবা নংদি। য়ীপায়ীগী খোইরি নাওফম মমিতম্না শাশেন্থিগে। পাখং য়োইরেনবগা ঙাইরৈনখো অহিং থোক্লেন লৈমগী মপারী পাথংয়োইরেম্বদা রাহংথিএ। কোয়ৌ হয়েং নিংথৌকাবদি, সমু নখুনেৎ ওইনখো। লোইদাম য়িঙা থাদি, নারান্, য়ুম ওইনা ওঃ। চরৈ ফীসাং অঙৌবনা, মাংলম তোনতানা তুংসেৎ নামৈ য়েপ ওঃ। চিরেন লাংগেন অঙৌবনা মৈমুংতামসোল চিল ওঃ। চৈনৌসনা য়োই থম্বাল, থম্বাল লৈন্নুংশিন্নু ঙাইরৈনখো। সাকৈ সল্লাই ৭ মকী ময়াই য়াইনিংথৌবু ওইনা নোংদমবিরু ওঃ। হাইনা লনকুবিরবগা কোয়ৌ হয়েং নিংথৌকাবদগী, হয়িরেন্, হয়ারেন, না তিল্লিরেনবু, নৌনাওরক্লে। হাইদবরা। লাইরেন থাইরেন্না, য়ীতাওরেনবু সাৎনরক্লে। তাওরোইনাইগী, লৈপু' য়াইবীরোক্না লাইরেল মৈতিঙ্ নোংদা লাইরেন পাখংববু খুনকুয়ক্লে। হাইদবরা। নোংদা লাইরেন পাখংবগী, মনোংয়াই লাইরেন মৈতিঙ্ নাওথম্বা মহাকথক্কী মখেবু, লাইরেন নিংথিবগী সল্লাই য়ুমতানরক্লে। হাইদবরা। * ২

হংচিংকী মপাৱী কোৱৌ নুমিৎ লৈপাকপোকপসুং মালেম লৈথিনবী লৈরা কাংঙোইসা। লাংগোই শামু অঙৌববু ওইনা, লোইদান থৱান থাগী মাকমৈ ১৪ পানবদা য়ুগক পুংজা মতমদা নোংদা লাইরেন পাথংবগী, সমু মাংদা থানা খুৱমজরৈএ। হাইদবৱা। নোংদা লাইরেন পাখংবনা, পাওহংখিএ। হে লাংগোই শামু অঙৌবা নংদি, থৌরম করিগীনো। হাইনা পাওহংখোনগী। শামু অঙৌবনা পাংখুমখিএ। হংচিংকী মপাৱী কোৱৌ নুমিৎ লৈপাকপোকপনে। পুৱৈরোম্বগী মনোংয়াইনে। সাকৈ সল্লাই করম্ববু, নোংদমবিগবনো হাইনা রাকং-খোনগী। মৈতিঙু পাখংবনা, মিংলেন সিদববু নাকোং থোংলেন অনিমক্কা ওন্না ওন্না কামশিনবিরগা, থৱাই মপুরেনগী মদাইরেম মপারীবু ওইরবনিনা, কোৱৌ নুমিৎ লৈপাকপোকপদি, নমু পোংসক ওইনা সারোন লক্লে। কোলোই মমিংথোনবু নোংপান অঙৌবা লৈপুরেম্বা কোএ।

হে লৈপুরেম্বা নংদি, কোৱৌ নুমিৎ লৈপাকপোকপবু, সমু খুনেৎ ওইনখো। লোইদাম থৱান থাবু নারান য়ুম ওইনখো। * লেংখাং অঙৌববু মৈমু ঙোমসোল ওঃ। চরৈফীসাং অঙৌবগী মাং-লম তোম্বাল ভুংসেং নামৈ য়েপ ওঃ। চৈনৌ নেংলুম পানগী রুপায়াই চেন্নখো ওঃ। অঙৌবা পুৱৈরোম্বা মখুংথা হৈপা বৈরাং-চান। সিংলেন লৈপাম লৈকা লৈচন্নখো, হাইনা লনকুবিরগা। কোৱৌ নুমিৎ লৈপাকপোকপগী খোইরী নাওফম থাংনা। নোং-পান সল্লাই চংথরক্লে, হাইদবৱা। নোংতা লেনবা। লাইরেন কাংবা কোএ। পালেম কাইবগী মপারীদি, চিংখনয়াং। চিংখনয়াংগী মপারীদি, নোংখনয়াং। মপারী চিংথন সাংববু পোবনরক্লে। নোংপান ৭ মক

অনিদি, পালেম পিন টংনা যাইওইরিনে। থ কপা নিংথৌগী, মমোম লৈমা কাংডোইরেম্বানা, মপারী নিংগে তারি। নানৌরবগী মশ নৌ মুংডো য়ুংনথংবা, অনিমকপু পোক্রবগী মশানৌ মুংডো য়ুমথংবদি, লৈসাংথেম সল্লাই ওইখ্রে। অরাং নোংনিংগৌগী মমোমলৈমা কাংডোইরেম্বীনা, পুরাংনাকাবা। পুইররে মমুং শানৌ মচিন মনাও অনিমকপুমুং নোন,ওরবপগা পুরং ওতন্দি, কোয়ৌ নোংকাখিএ। হাইদবরা। মশানৌ পুইবরোম্বদি নোং ান অঙোবগী সল্লাই য়ুমতারক্লবনে হাইদবরা। নেং ান অঙোম খৈবিকী মাইকৈ মমাই ওান্দ, অরাং লৈনা পাংবরোমনে। কপামনাংথোমুং চিঙু নিংথৌ সমালেম্নে। হাইদবরা। * ও

মুমিং মসনগী মপারী কেৌ থুমসং সাং ওইররবগী, থিংকুলাইয়ী পিচাপু সারোল্লক্রে। লোইদাম থ চা থাকচিং শাগী থানন মপুং লেম্লিভৈগী য়ৌমুং নোংমাই মপুং লোখিদ্রেদা নোং া লাইরেন পাথংবগী সমু মাংদা থানা থিংকু লাইথী পিচ'শু মাইথু লরবগা মৈদঙু পাখংবনা পাওহংখিএ। থিংকু নহাকপু থোরম বারগী লাকংনৌ হাইবগা, থিংকুনা পাওথুমখিএ। নদাইরেম ঐদি মশেম মুমিংকী মপারীনে কোলোই ইমিংথোন্দি, য়ুমসকৈসা বৌএ। সল্লাই শুনথোং করম্বদা নোংদমবিগনলো। নদাইরেম নপামীবু ওইনা চিঙু মথৌজান অরেপ্পনা নিংলেন য়াইফনবু লনকুপিয়ো হাইনা পুনেম খোনগী মপুরেম্না, নাকোং খোংলেন ২ মক্তা নিংলেন ১৬ মবপু ওম্না ওম্না কানশিনবিরগা হিকোক চুতানবগী মুঙা য়েংতা নৌবু সারোলললক্রে। কোলোই মনিং থেংবিখিএ।

হে নুমিং য়ুমসকৈস নংদি, নুমিং চযোল ৭ মক্কী ময়াইরেন্নে, হাইবগী নোংয়াই কোএ। সমু নহকসাংবু মুচু মুরৈ লেএ। অদু-নোংগীবু, নোংয়াই খুমন ওঃ মিংথোংখিএ। চরৈ নকীসেংতি হিকোক ফীশাং সেংএ। তাওভিং হৈক্রু সিংলেন সংকুপরৈবু, লৈচেন্নখো নোংলেন খানপাংবা রোমদা সমু মাইরোল ওঃ। তাওবিরোই নাইথু কসা ননোংতমবু ওইরু ওঃ। হাইনা নোংদনবিরবগা নুমিং য়ুমস-কৈসদগী, খুমন সন্নাইগী খেইরিবু চংগরকলে। হাইদবরা। সেম্মা হনবা বৌএঃ। য়ুমলেনবগী মপারীদি, সাংমু থুবা, নোংলেনবা কোএ। তাইবং লেম্নে। য়াইচনবস্পুং মন থুহিগা সল্লাই ৭ মক অসিনে। লৈচিকভানবা চন্নু চিনফুরেন পাইমা লিনকেইগী মপারা নোংতমলন অখুংবু নৌনাওরক্লে। লৈথলেন চন্নু য়াইনুরেম্বীনা মপারা নোংতমলেন অহনবু, নৌনাওরক্লে। লৈতং খুংক চন্নু চিংনু লৈমনা, কুরুমলেন মৈমইদবথু, নৌনাওরবলে। হাইদবরা লৈচিক-লেন চন্নু হাইন্দুরেম্বীনা, বুরুমলেন নৈনাইবা, কুইনরবপগী মখেবু নোংয়াই খুমনলেনগী সল্লাই য়ুমতাবকপনে। হাইদথরা। * ৪।

মরৌ বৌনা শিংথোরবপা অদুনা, য়াংগোই য়াইসা সগোল অভৌবু, সাগোললরবগা। লোইদাম লাংবন থাগী নিনতুং অনি পানবগী য়েঃইমযানৌনা নুমিং মমাই লৈবকলবগী, পুংচা তেংকোং ৫ শুবকনবদা, নেংদালাইনেন পাখংবগী সমু মাংদা থানা বাইথুংলরে। হাইদবরা। পশংবনা বাংখিএ। তেঃ সগোল য়াইস নংদি, থৌরম বরিগী লাকপনো। সগোলনা পাওখুমখিএ। নদাইরেম ঐদি মরৌ নুংশিংবী মপারীনে। কোলোই ইমিং থোনদি, কোরৌ নুমিং

সগোলসেল কৌএ। সল্লাই খুনথোং কদাইদবু তমবিগদবনো মদাই-রেম ঐবু চিঙু নোংদম মথৌজানগী নারকতু পানসা সারেম মিংনাইবা লিশিং অমবু সারোললক্লে। হৌজিক মতম অসিদা সাকৈ করম্বগী উরেপ চারা ওইহনবিগবনো হাইনা পাওকংখোনগী নোংদা লাইরেন পাখংবনা নাপা থোংলেন ২ মক্তা মিংলেনসিদববু কামশিনবিরবগা. কুই সংবানবগী নমু পোংসকলেনবু সারোল্লক্লে। হাইদবরা। নংবা সরাংথেম্ব, ওইগদবা নংদি, নুমিৎ সগোলসেলবু সমু নথুনেংপু ওইবখো। থাচা লাংবন থাদি, মারান যুম ওইনবঃ। হবাই সিংথেল। তাওচিং স মালোম হৈচেন্নখো। মাইকৈ নোংপোক বোল ঙঃ। নোংপোক মলং হুম্মে ইববু কসা ননোংথৌবু ওইরু ওঃ। অসুম লনকুবিয়ে হাই-দবরা। কোরৌ নুমিৎ সগোলসেন্দি, নংবা সবাংথমগী সল্লাই খোইরী মওকম মপুথাংনা চৎথরক্লবনে হাইদবরা। সর্বারেনবা দৌএ। সয়ী লাংবনা, মপারী কোংয়াবনু নৌনাওরমএ। ইপা কৌএ। তাইমরীবনু কুইনরকলে। হাইদররা। ক, দৌএ। নংকারেংকা, নোংতম সাংসুং, খাকপা অতোনবসুং শানে মচিন মনাও অতম্বকপু নৌনাওবক্লে হাইদবরা সল্লাই ৭ মক অসিদি, পালেম পিনাইদবগী লংবা সরাংথেমসুং। মশাবী কাইবা লৈসাংথনগা শনৌ মচিন মনাও ২ ওইনা সল্লাই খুনথোং িংলকলাবে হাইদবরা। ৮। ৫

মকাপ কৌবা শুমিৎনা মপারী ইরাই ঙঃ দৌএ। ইরাইদি কানবা কৈনিংথৌবু ওইনা। থাদি কালেন থাগী মাবদৈ ৯ নি পানবা যোইমথাই লাইরেন তৌভনবনা, নুমিৎ মমুন চংলমদাইগী পুংচা তেং-কোং ৩ লৈরিবৈদা ব্রাথুংলর গী। লাংরেন মৈতিরু পাখংবনা পাও-

হংখিএ। হেঃ কামবা কৈনিংথো নংদি, থেরম করি লৈবগী ইশতাল লক্পনো। পাওহংখেনগী। কৈনিংথৌনা পাওবংচখিএ। হেঃ য়ীপুঙো নোংদা লাইরেন পাখংবা ওঃ। নদাইরেম ঐদি মকাপ কৌবা কোয়ৌ নুমিৎ অহুগী মপারী কেলোই খিমিং থোন্না য়িরাই কৌএ। সল্লাই খুনথেং করম্‌দা নোংতমবিগথনো হাইনা পুনেংখোনগী। কৈরেন নাকোং ২ মক্ত চিঙু মিংথৈখলেনবু কামশিনবিরবগী কৈরেন মশকম ংনা হিংগোন চুংতানবগী, নমু পোংনকংলনবু সাবোললক্লে! হে য়িরাই নুমিৎ নংদি, মৈমু তোমশোল অঙাংববু চিল ওঃ। কিকে হিঙোন মানবা চরৈ কীসাং সেং ওঃ। লংলা অঙাংবগী লেংলোই খোইথংনে ওঃ। হৈসাং লমপোনবী তাওচিং হৱাই সুংনাইবগা য়েন চেন্নখে। সিংলেম চঙুই লৈচেনখো। কোরৌ নুমিৎ য়িরাইদি সমু নখুংনেং ওইনখো। চিংথৈ য়াইফু নিংথৌবু, কশা ননোংথৌবু ওইরু ওঃ। খামপী মৈরিংথৈ, মৈপুম গাইচৌ খানপা খেংইয়ুন লাইগী থেরম খিবিক্লা, থাওমৈ নৈরা খানবনা চিবা। নোংঙন নোংশেংইগা, চিংথৈ নৈনা হুম্রকপা। খিবিক্লা খাবা ঙানগা নংনা, নেংতম ওঃ। কেনান সোকথেংগী সমু খোংসাল্লক্লবদা খাবা ঙানবা মথৈবু, মাংয়াক থাফংনরকপদি য়াইকা মথোই তোংনসুনো। অসুম লনফুংবিরমএ। হাইদবরা। ইরাই নুমিংনা খাবা ঙানবগী, সল্লাই থেইরি নাওচম খাংনা চংখাকংল হাইংরা। চিংয়ীয়েন ওঃ কৌএ। খায়ীদবু নৌনাওরক্লে। য়িরি খাবা ওঃ কৌএ। লাইয়ী ঙানবনা, লাইয়ী খুনবু নেনাওরকে হাইদনরা। খান থং য়িরাইববু ফুইনরক্লে। খালিং-লিবা গৌএ। সল্লাই ৭ মক অসিদি,পনেম পিনাইদবা ৭ মক অসিবু ঙাইরৈনমকবগা, পলেম মমা লৈপিরেন চনুনা, মপারী তৌরেম

খাববু, নৌনাওরক্লে। লৈথমলেন চনু। পাইমা উনকেই নুংগী। তাওরন খুবা মহাকথক্কী। খাবা ভানবগী সল্লাই খুনথোং লিংলক্লবনে হাইদবনা। *। ৬

মসিং কৌবা নুমিংনা কে দৌ নুমিং থংবু নৌনাওরক্লে। থাংলেন য়াইওইববু লোইনা সাগ্রোল লক্লে। হাইদবনা। থাপী লমতা থাগী, থাচা তনি পানবদা, যাওং নারনবগী, পুংচা খেলেন মতা, মালং চোইথেন্না লংথরকলবগা, নোংদা লাইরেন পাখংবগী সমু মাংদা থানা তারক্লবগী মৈতিঙ্গু নেংনা লাইবেন পাখংবনা, সমু খুংনা পাইনা পাওহংখিএ। থাংলেন যাইওইবনা, পাওগুমখিএ। হেং যীপুঙো তাও। নতাইরেন ঐদি, থাংচিং লাই মরুগী মনোং যাইনে। মসিং নুমিংদা মপাবনে। সল্লাই খুনথোং করম্বদা উবেপ চাদা ওইনা নোংতমগি নো। তাইনা পুনেন খোনগী মৈতেঙ্গু পাখংবনা, লাইমং মিংথেম্নবু সোম্না সেম্না থাংলেন সিংনা নাম্লবগ, কেং কেং খোংনা ভংক্লে। নমু পোংসন ওইন, মরাং মরাং চো থেরক্লু হাইনবনা। হেং থাং ৭ নুমিং নংদি, য়রা নখোনসেনবু, কেং কেং খোংলকএ। সমু নহাক শংবু, মরাং ২ থেককএ। সল্লাই নমিং থোংবু, কেকে মোইরাং ওঃ কৌওঃ। কোয়ৌ নুমিং থাংসদি, সমু নখ্নানং ওইনৌ ওঃ। থাপী লমতা থাদি, ন্যারান যুন ওইনা ওঃ। সম তারৈ সমচিন চিল ওঃ। লেংখাং অরংবগী পাকৈল ভাইচা যেং ওঃ। লংলা অবাংববু লেংলোই খোইথা ন ওঃ। চরৈ খামেন চংপনা, মাংলন তোম্বা, ভংসেং নানৈ য়েপ ওঃ। যেলাং চাকমী হবাইস, হৈকপ নিংপাকপী, সিংলেন লাথরৈবু, লৈরাং লৈচেনখো। মচিন মত সাবা খিংক্কী, নোংতমবিরু ওঃ। কেকে

মোইরাং ওইবা নংনা, সমু খুংনা শোকপিরবদি, থাংলোন অথৌ তেন্না য়াইকনখ্রেনো। সল্লাই খিবিকী খুম্ব ভাইরৈনবাসিংবু, চিনকোই য়াথং চিক, সমু খুংনা নম্না, যাখং দাশকনককনো। লাংযেপ মখুৎ থাদা মতোম লাংখুচবগী, লৈরাং মস্থ মানকুম্না, থবাই লাংথু য়োম্নাশনে। সাকৈ সল্লাই ৭ মকী খোইযুম নিংনফমস্থং লোইরেন খুনপিরোক, মনাইথেং ক্রুমচিংগী, কংলা নোংলৈযাংদ, হেন্থোক্লুদনো। অরাং নোং লৈপাকপ, বাতানা তানফং লুইডনে। হাইনা লনকুবিবক্লবগা। কেকে মেইথাং লেনগী সল্লাই খোইবী নাওাম থাংলক্রে। হাইদবরা। কেকে লেনদিদি, থবাই পুমকী, পলেন মমা লেম্নে। মপারী মরাংবরু লৌ। ওাক্রে। মপারী মরাংবদি, মালং নুংসিং লেম্নে। থবাই পুন্নমকা লৈচং হাবা ওইরিএ। মরাংবগী মপারদি। চেপ্পা ভানবা কৌএ। মিদিবনস্থং হডাংবা কৌএ। মপারী ত ভানবোমবু, নৌনাওবকে। তুমাক্লিংবস্থং নাইবো কৌএ। তাংতোহিপাপু, ফুইনরদবগী লৈগুং থোইথা চত্, পলোম মমা ভাপসাপীনা. মপারী ভাংনিংসিংনা নৌনাও-বক্রে। মহাচ থকী মখেবু কেকে মোংরগী সল্লাই খুনাথ লিংলক্লবনে। হাবরা। নুমিৎ চলোল ৭ মক্কুগী সাকৈ সল্লাই ৭ মকপু, মতৌ অসুম তৌনা চথরকপনে হাইদ রা। * ৭।

অদিদি তাবংপ নবগী মপুনা। লৈসেমভৈদগী সেনলকলবা। সল্লাই ৭ কী অতোবনে। কেঃ য়ীপন য়ীবুডো তাওঃ। অসিগী মথং হয়িচকতা অতিডা শিদবা সমু মহাক সাংদগী। মীরেন ৪ বু চোংথোকলকই। য়াদগী চোংথোকলকপা, মী ময়োন কৌবা ১। পানপেম ৩ দগী চোংথোকলকপা মী কৌবা ১। খুকউদগী চোং-

চোকপা মমী কোৱা ১। খুয়াদগী চোংথোকপা, মহাক কোৱা ১। মীরেন ৪ মক অসিবু মীরেন অতিঙা ওইবাবগী। ফমবী য়ুম ওইনবা। হকচাং কোনজু ৪ মকসু, থাংজিং লাই মরুবু লনকুবিগল্লে খুযাদগী চোংথোকলকপদা কোরী মচু পীরে খুনউগীদা পিথৃাই। পামবোমগীদা লুপা। য়াদগী থোরকপা অতুদা সনা মচু পীরে। কুচু অসি পিরবদা। হুমলেন লাইরেম্মনা খোইজিদা থুপহল্লে। লাইজ য়ীরৈমনা য়াফম যমবী ওইহল্লে যাইবীরৈমনা খোইদৌ মিহুন। মালং নুংশিৎ লৈননা হকচাং লৈচং। মিহুন ১৬ লেংলকলবদা। কাওরেন লন লৈমবু। পুকনিং নাওয়োক ৮ ওইহল্লে। তমবা শিনলৈবীবু লৌশিং পাংগল ৫ বু ওইহল্ল। লৌশিং নাওযোম নুংদা তমবা খোমলেন লৈমবু। মিৎযেং নাওসুমবা খোমলেন ভুমগনবা। নোঙান মিকপ থোকপবু। নোংদমবিহল্লে। খোমলেন উনকোইনুদা। অতিঙা শিদবা মহাকনা। খোনডেল যাইবিরেন শিদববু ওইনা। মীরেন ৪ মকতা। খোইজেং পাংশোই নাইদনা ফনশীরবগী মীমযোন ৪ মকপু। শাগৈ শল্লাই খুনথোং ১মকপু লিংখৎলগে হাংবগী। শাগৈ কোলোই মনিং থোনলকলে। সনা চুদানববু নোংপাল লুগাং। লুপা চুদানববু কেকে মোইরাং। খুমন সবাং লৈশাংথম। মনিং ৪ থোনবী। পিথৃাই চুদানববু উরোক শাগৈ। কোরী চুদানববু উশা শাগৈরেন। হাইনা থোনবীযে। খুমন মোইরাং সরাং লৈশাংথেম লুগাং ৫ মককী। অগানবদা তেশিন হনদিন্না লোংলমএ হাইবগী তেসারোং হাইনা কৌএ। হাদিবরা। কেকে সাগৈদগী লমবু তুপপু তরেৎ লাইকম নেমদা সোইদা। লাইমৈকক

লাইমৈসাং। তিনমৈকক তিনমৈসাং থরো লোইয়েন। ভাকনা ভানবী খোইনিংভানবী। সল্লাই ৯ অসি পোকলকপনে অসিনা মাইকৈ ৯ গী লম মপু শাওল্লক্কদবনে হাইদবরা। সনা চুদানবা অমাই-বদি থাংদিন লংলা ৯ থাংওঃ। লুপা চুদানবা লান্মীদি থাংদিন লংলা ৬ থাংওঃ। পিথ্রাই চুদানবা ললোনবদি থাংদিন লংলা ৩ থাংওঃ। কোরী চুদানবা নংদি লংলা থাংহৈদরবনে। খুজিন খুযা থৌকল লোইনৈ হাইনা অতিঙা শিদবনা ৱায়েংখিএ। হাইদবরা।

চকপ সল্লাই ৭ মক্তি, হযিচকঠেদগী চকমরিংবা, তাংমরিংবসুং, ভুমা হাগাগা, সল্লাই ৩ মকতগী খাইথরকপা মশেন্নে। হয়িচক হাইবগী সল্লাই কোল্লোই মমিংথোংবু, মৈতিঙু পাখংবনা, চবপা অরবাওঃ কৌনা মিংথোনললে। মালেম লৈনিংথৌ। য়ীয়ু নিংথৌ কাংবগী, সল্লাই খাইথরকপদি, কাংবচনওঃ কৌএ। থিনপম সাগৈ রেনসু, লৈরোংচমগা, সল্লাই ৩ মক অসিদি, হান্না সাসেমলক্লবনে। হাইদবরা মুমিং চযোন ৭ মকী সল্লাই ৱাযেল্লম্বা অসিবু মনুং, মপাল, ময়োল ৩ মকপু য়েংনা। য়ীয়ু নোংদা লাইবেন পাখংবনা কাপ্তু হুই-রেন থাএ। সরা চুমি নমলে। মিরাইমনা কাপ্তু হুইরেন সৎফ-রোইএ। পোং লৈমনা, সরা চুমি ফাবনা, হাংলরোইএ।

হেঃ যীপল য়ীবুপো ভাওঃ। সনা লৈপাক লৈময়োন। নিংথিবা বংলা নে ংলৈয়াং। লৈপাক প নর্ব রেন অসিবু। হ চকতা ঙিল্লি বোক-তোন অহানবা কৌএ। খুনুং চকতা মিরাপোংথক নমকৌএ। লাং-বচক্তা হানসেনবা কোল্লা লোইবওঃ কৌএ। কেল্লা চকতা মুবা পাল্লিংঃ কৌএ।

লাংবচক্তি হাত্লনবা মপুগী লৈসেমচৈংগী থৌরম।

ঙযো হংক চককী কুমহৈ। হয়িচককী থৌরমগা পুন্নমকপু। লাংবচক লোইগদৌবা চহি ১৮০০ লৈরিবৈদা। কসনা পাখংবকৌনা। লৈনোং ংগী লান্না থৌবন ওইনবা। কংনা যাইকোননুংদা থুপনখ্রুদি সান্নখি হাইদবরা। অমুক চিংখুমিংওন্না লোইদাম য়ীঙা থা মাকমৈ নেংঙমনানবা নুমিৎ যুমশৈনশগী নোংয়াই পুংখোই লেপলিবৈদা। নুমিৎ মংশক নুংগী চিংনানোংনাকলে। কোন্নচনকী মচিন্দগী। নোংদা লাংবেন পাখংনা কেনা। চহি ৮০০ চুপনা লৈসম চক হৌদা থননা সন্নাইনকী ব্রাহ্মেল চৌগদবা থনক লৈপাক ঙানপা। ফম্বান চোংনা।

| | |
|---|---|
| য়াম্না খুপনা সান্নবা চহি | ১৮০০ |
| কোংদোকনা সান্নবা চহি | ৮০০ |
| সুপনা চহি | ২৬০০ |

অসিবু হন্না সেমবা শোন্না লোইবা নং তৌনা কৌএ। মঙাং, ন্যাং, খুনন, খোইয়ুম লাই অপোইবা ওগী কোনলাই নয়াথং।

- ------

# পুরারী কোলোই মিংথোন্দি

নাওথিংখোং মহাকথক মঙাং কোলোই মপাওতাক
লুরাং, খুমন মথংশিন, থান চাওবা ময়াথং
মক্লক নবু ইরমবা লৈসেম লোন্দী অরিবা
মাইচৌগীদি মথংবু, মথং মথং শিন্তরক
লৌরেম খোংনাং থাবনা নিংথিনদি থনমবা
মৈতৈ সনা লৈপাক্কী পুরারীদি অসেংবা
অসিগীদি অরেপ্পা খোইয়ুমনিদি লাইয়ৌংথো ॥

কংলাগিদি মপু-ঙঃ
সল্লাই রায়েনবিরীবা

চিঙ্ নতিক অচৌবা মতমগী সাওন পুরিবা
লৈসেম নোংসেন-ঙৈদগী, লাইশক মশক য়েংহুনা
সল্লাই রায়েনবিরীবা, নোংদা লাইরেন পাথংবা
লাংবচককী নপুবু হন্না হন্না খুররমজে।

পুন্নমকী মশকপু
নিংথিনদি ইরীবা

চিঙ্ নতিক অচৌবা মরোন ১৪ পুরিবা
মুমিং চয়োন ৭ মক লোইদাম থাজ ১২স্থ

নোংশি নোংদম বিরীবা মতমগী সাওন নুংশিবা
চৈনৌ সনা মহিবু হন্না হন্না খুরমজে ॥

তাইবং নিংসা পাল্লিবগী
পুকনিং লৌসিং ওইনবা
খাগেম্বগী মপারী, মশকপুদি ওইদুনা ॥

চৈনৌসনামহি কৌনা সল্লাই সকোক অসিবু
নৌনা পাওতাকপিরমবা অসিগুমবা ৱারমবু
মতমগীদি খোংলৈনা লৈচিন্নবু কুপলুবা
লৈসেমলোন্দি অরিবা লাইরিক হৈনা তুংইন্না
সল্লাই সকোক অসিবু
মাংলমচংকী পন্থৌশিংনা থম্বীরমলে ॥

